# লৌতারোল

থম্বীবম্বা
রাংখেম ৺চাওবী সিংহ
পণ্ডিত মাইমা,
সাহিত্য সিরোমনি, রাজ পণ্ডিত

শিন্দোকচবা
রাংখেমচা তোম্বা

প্রেমিয়র পব্লিশর্স
ময়াংলাংজিং,
ইম্ফাল — ৭৯৫১৪৬

**LOUTAROL**

Shindokchaba : **Wangkhemcha Tomba**

অহানবা কোঙবা : ফেব্রুৱারি, ১৯৯৬

অকোঙবা : প্রেমিয়র পব্লিশর্স'গীদমক থিঙ্গোম ইবোম্না খুমন্না কোঙলবা।

তেঙবাঙবা : ডাইরেক্তোরেট ওফ আর্ট এণ্ড কলচর, ইম্ফাল

তেঙবাঙখিবা চহী : ১৯৯৫'

কপি মশীং : ১০০০



নম্বা : পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী

সগোলবন্দ, মোইরাং লৈরক মচিন।

মমল : লুপা ১৫/-

# য়াহাই খরা

মমাংঙৈদগী লৌবু উরবদি লৌ তাবা হাইবা অসি অহুমক চৎনরকই। হৌজিক্কী মতম অসিদদি লৌ তাবাগী থবক অসি পুমতোক তোকখ্রে। মীওই খরতমক মঙাইরে। লৌ তাদন-লৌ উবা লৌকমশিংদি ফোহাম শাৎপা, অমস্থং উতোং তাবানা চিংবা থোকলিবা অসি মরম অসিননি হাইনা অহল-লমনশিংনা তাকপি। মতাং অসিদ মী কয়ামরুমনা লৌ তাবাগী য়ারি য়াথোং হংবা লাকপাদা, লৌতারোল লাইরিক অসি পুথোকলো মীয়ামদা যান্না মতেং ওইগনি হাইনা তাকপিরম্মী। অসিগুম্বা ময়াম অসি থেংনবদগী পুথোকচগে হাইনা খন্দুনা লৈরিঙৈদা ঐগী ইয়াম্বা থিজোম ইবোম্না না ইনাওগী লাইরিক অসি পুথোকলসি হাইনা তাকপিবদগী ঐগী ইয়াম্বা অসিদা শিন্নজবনি। ইয়াম্বা অসিনা Department of Art and cultureগী মতেং ফংলে হাইহুনা পুথোকচবনি।

লৌতাবোল অমস্থং ফৌগৌরোল হাইরিবা লাইরিক অসি ঐগী ইপা ইবুংঙো শ্রীয়াংখেম ৺চাওবী সিংহ, পণ্ডিত য়াইমা (রাজ পণ্ডিত লোইশং) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ১৯৭১ ইংদা সাহিত্য সিরোমনি উপাধি পীহুনা ইকাইখুম্নবীখ্রবা ইপা ইবুংঙোনা মৈতৈ ময়েক্তা খঙ্গীরম্বদগী পাংত্রবা ঐনা বেঙ্গোলি ময়েক্তা তাং ১৭।১১।৯২ ইংদা শিন্দোকচবনি। শিনদোকপা অসিদা

ঐগী ইয়াম্বা শ্রীরাংখেম বিধু সিংহনা অয়াম্বা তাকপিখিবনি।

অতুগা লাইরিক মচা অসি নম্বাদা proof কী অয়াম্বা মতেং পাংবিখিবা Press কী Proprietor ইনাও শরৎপুস্থ ঙমথৈ লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচরি। লাইরিক অসিগী ময়েক শাবীরিবী ইচেবুস্থ থম্মোয শেংনা থাগৎচরি।

রাংখেমচা তোম্বা

তাং ১৩।২।৯৬

# লৌতারোল

লৌতাবা থৌনিরোলবু হায়জন্নককে। কুমজাগী লাকয়েল হৌরকপা, ফাইরেন, থাগী নোংমা পানবদগী হৌয়ে। হুমিং থাবান লাইচা তিনচা অফবা য়েংগনি। লৌতাগদবা নোংমা রাংলিডৈদা লৌতাগদবা য়োং অহু য়োংথোক্লচিংবা কোমহন্দনা শেমলগা সেংনা চামথোক্লুনা থমগনি। লৌতাগদবা হুমিং অহুগী অযুক্তা লাইনিংথৌ সনা মহি, লৈমরেল, অনিমক্কী ওমজবা হৈরাল লৈরাল অথেনপোং কংকনি। লৌতাবগীদমক্তা লা লাতোন অমদা চেংলৈ লাংখৈ, মপোপ ৮ দংগা কংবাক অথুম অহাও খবগা লাংহুনা, লৌতাবা চংলমদাইদা য়ুমগী অরাং থংবা উংথাকাতনগী মপা, চুরিগী লম ১গী মতমদা চংথোকলগা, চেংলৈ মযোমকা, ফৌদি অশেংবা থুং অমগা, য়োংতুগা থমগনি। অহু নত্রগা ওমাং তুল্লসিবোংদা থমগনি। অহুগা লৌতাগদৌরিবা মী অহুনা ফিশেং সেংতুনা কোকয়েং তোলোক চিনাইবা য়েংতুনা, চিন্না যেংকনি। লৌখাং ফুরিং লিংকনি। ইন্নফি লংহিফি ফিনা খাওন ইনগনি। ফিশেং চিন্না শেংকনি। কোমহনবা যংতে। অন্নুম তৌনা হুংথিল চাকচা তোকপা (মতুং) মহুং অচৌবা, মপান মচানচিংবা পুম্নমক শেংদোকলগা মথক্তা হায়খ্রিবা ফিশেং লৈতেংলগা, মাঙ্গোল ফমমেলদা ফমহুনা, হিদাক লাংথকনচিংবা থক্লুনা হুংডাইবা পুক্লৌং লৌতাবগী রাখল লাই খুরুম্নবা খর পুংফম য়েংলগা খরনা য়েংতা থমগনি।

(খরনা য়েৎতা লৈত্রবদি লৈননবা হায়জগে কমমেল কক অহুদা মিনিট ১৫ দং ওইরোমদা চেপনা হিপকনি। অহু ওইববদি য়েৎতা খর লৈগনি। খবনা ওইরোমদা লৈহনগে হাইববদি য়েৎলোমদা চেপ্না হিপকনি। মসিনা খায়দগী অল্লাইবা খুদমনি)

অহুগা হোৌগৎতুনা খোঙ য়েৎনা লৈপাক্লা থাহুনা ইমুং-লোমদা চংগনিয়ে। অহুগা লাইনিংথৌ স্না মহি মমাংদা খুং লোয়হুনা লাইনিংথৌদা তাইনবা য়াবু হায়বকে —

হে লাইনিংথৌ হে স্না মহি, নংগী মিংথৈরোন অসিত্তবু ননাইনা খংদবা মপা লাক্লুনা খুবাক চাংজো ১০ লোয়হুনা তেংথাজরক্কে তাথিবীগনুকো। নমিংবু স্না মহি ওইনা চেল্লে, হায়বগীবু নমিং স্না মহি কৌএ। অসি কোবৌ নোংতা কুমজা তেক-হৌরকপগীবু, খালৈ লৌকোললেন্দা যোৎলে লেংদা থোংনা খালৈ লৌতাজরগে। কুমজা অসিগী কত্তবা হাওদিবা পুন্নমক্তি তাওরৈ খানা পাংবারমদা হোইথবীযু। ননাই ঐনা লৌরাং শিল্লাংবা লৌথোই থোকাল লেপ, লৌতম শিল্লাংজবা, থৌচৎচদা য়েথাই খিনকাইবা পুম্বাদা শেম্বীযু হে লাইনিংথৌ ও। খুরুমগনি।

মথংদা ইমা লৈমালেন তাইনা য়াবু হাযগে :—

হে ইমা লৈমালেল শিদবী। লুমাং তাবুল লৈরকপগা, পন্থৌ হাইনা পাউকৌবদা পাওখুম্বা ও: লুতুং শর্মজি লৈরকপা পলেম হাইনা পাওকৌবদা পাওখুম্বী ও:। লয়াই হামুল লৈরকপগা কুরু শিতবা হাযনা পাওকৌবদা পাওখুম্বা হে ইমা ইবেম্মা, অঁবুক্তী কোম্থোকপিবীবা মুমিদাংগী কোঞ্জনবীরীবা। হে ইমাও:। ননাই ঐনা ওসি কোইরৌ নোংতা কুমজা তেকহৌরকপগী

থাৱৈ লৌকোন লেলতা য়োংলৈ লেংতা, থোংনা থালৈ লৌতাজরুগে ফংতবা হাথিবা পুন্নমক্তি, হাওরৈ থানা পাংবা রমদা হোইথবীযু। লৌরাং শিন্নাংবা, লৌতম শিংদম্বাদা, য়ৈথায থিনকাইপা ভাকপীয়ু। হে ইমা ইবেম্মা। শুরুমজগনিয়ে।

কোৎ মাংদা থুৎ লোলনগনি। বৈরুংহনবা তাইনা ঋবু হাইগে। হে লাইনিংথৌ কৈরুং হনবা। থালৈ লৌদা লৈরে, লৌরুং হম্বা কৌএ। কৈদা লৈরে। কৈখোঙ-কৈশংবা হাইনা কৌএ। হে লাইনিংথৌও:। ঙসি কোইবৌ নোংতা ননাই ঐনা কুমচাগী তেকাংখৈবকপা অসিদা, থালৈ লৌকোই লেলতা, য়োংলৈ লেংতা থোংনা থালৈ লৌতাজরুবগে। য়ৈথাই থিনকাইবা পুম্বাবু ভাকপি হৈবা ভাকপিয়ো হাইনা থুরুন্না পাওকংলু অদুদা কৈরুং হম্বাগী থৌতিক থৌগাও পুগনিযে। থৌতা লাইগী পাওতাকতি:—( উং নহাপাও কুম ওইরকলে। অকাই অসোইবা লৈতনা থালৈ লৌতারুবো। নহাপা নংনা, ইতাও লৌরুংহম্বাদা। নতাও কৈরুং হনবানা হাইরকই হাইনা পাওকংচরি কুমশি ইতাও লৌরুং হম্বনা পিবকপ, চাকা অসিতি কোংতাই থদে। মযেং য়ান্না তানা পিবকই। ওন্নকপা চাকাতি কুমশি ইতাওনা পিরকপা চাকা অসিদগী শরুক অমা হেন্না, শরুক অনী হেন্না, চাহি চারোং চুন্না থোইনা হেনকৎনা পিরকউ। পাওকৎচরু। থালৈ লৌতাজরুরো। (লাইপাওযাবগীনি) ননাই ঐনা লাইনিংথৌগী য়াথংবু চিংথদনা নতাও লৌরুবদা পাওকৎচরুবগা থালৈ লৌতারমলগে। হায়না থুরুমগনি। তুং হন্না থোংফম ও হুনা হনদোকলগা নমাই ওন্না থোহকনি। বা ভাংদনা

মীনা কৌবা খুমদনা কৈরুং হন্বা লাইনিংথৌগী লাইপাও পুন্থনা। অসাই থম্লগা, চে'-লৈ কবোক অথুম অহাও, খুৎতা পাইত্থনা নত্রগা ফি অমনা য়োমত্থনা পুগনি। য়োৎপাক লেংতা থোংত্থনা অমাং অশোয় নেৎতনা খ'লৈ লৌতাবা চৎকনিয়ে।

লৌকম লৌতাগদৌবীবগী লৌবুক ময়াই থোকপদা। মাই অবাং ওন্না য়োং অতু নাকন্দা থমলগনি। অত্থগা লা লাতোন্দা হ প্প' চেং-লৈ অতু ময়'ইদা থাগনি। থাংজিং, মর'জিং, রাংব্রেন, কৌব্রু, হাইব্রিবা চিংথেক ও মকতা লাসেৎ ও থাবগা, চেং-লৈ অথুম-অহাও থর থর থাগনি। অত্থগা খুং লোন্নত্থনা লাই খুরুমগনি। (পাওকৎ লাইসোলদা শোনগনি)

পাওকৎ লাইশোল হাইবদি ঙসাইগী কৈরুং হনবগী পাওনা হানগনিয়ে। হে লৌরুং হনব' হে ইচাংঙা ইবুংঙো। ননাই ঐনা অসি কৌইরো অসিদা, নতাও কৈরুংপানা, থৌশিরকুনা খ'লৈ লৌতারুরো হ্যগী। য়াথং পুহন খ'লৈ লৌতাজগে লাকচরিয়। নতাও কৈরুংপানা কুমশি পিরকপা চাকাদি মাথং য়াত্ন' ত'না পিরকএ। কুমশি পিরকপা জগাদগী নেংনৈ ওয়ক্রকপদা চাকা অনি থোইনা হেন্না পিরকউ ফৌচেং-ফৌগাই যাওহল্লকয়। মরু চং চঙবা পিরকউ হাইবকএ। হে লাইনিংথৌ ননাইনা পাওদমজবিয়ে।

লৌরুংহনবা (উং) তথুম ও: খ'লৈ লৌতারো। ইতাও কৈরুংপাদা পাওতনুও। কুমশি পিব্রিবা চাকা অতু ঐমু ইকাইয়ে। ফৌচৎ ফৌকাই য়াওখিযে। নোংমৈ ওয়ক্রকপা চ'কাদি কুমশি পিব্রিবা চাকাদগী। চাকা অনি থোইনা হেন্না পিরকনি। কৈবী

কৈরেল মরাং কাইনা তনাল তশোইনা শেম শাদুনা থনম্মু হাইনা ইতাও কৈরুংপাতা পাওতমও: ।

শোইতনা পাওতমজগে লাইনিংথৌও খুরুমগনিয়ে'।

কৌক্র যন মরুম শাবা খুকম লেলতা য়েংদুনা খুং মোলয়া, পাওতাজনি'য় । য়াহৈদি :— হে অবাং কৌক্র অগুপ্ত পোইরৈ খুন্দা অহানবা লাইনিংথৌও : । হে তয়ুম নাওয়োকপিয়ো নকুম কুশিংগিবু কুম'ন'ং তমলিবা নথা থাশিংগী থাকাওদনা । থানোং তমবু তন্দী'বিব ল'ইনিংথৌও: । নগুনা কুমসি কুমচা তেহৌরকপা । থাজা নৌহৌনরকপ'গী অসি কোরৌ অসিদা থালৈ লৌতাজরগে । ফত্তবা হাওদিবা মতিল মকাং লৈচিক ভাকোই, য়াইথাই থিন-কাই, লাকদবা পুম্বদি হাওরৈ থানা পাংবা রমদা হোইথবীয়ু । অফ মুংভাই লৌয়াং থৌয়াংবাবু অকু অয়েনবীয় । হে কুমানাং তম্বা লাইনিংথৌও খুরুমগনিএ ।

লৌতাবাগী লাইশোলদি লাইশফতি চিংগু খোইয়ুম লাই-নিংথৌ, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা চিংগু নতৈ ননাওনা থালৈ লৌতাইতা, শারেল নোংশা খ্বাংনৌবানা তারেৎ হাকাচিং পানবা কৈয়েক লাপানা, তি তি ভমকাচিং থারৌনা পোৎপু ওই। ভৌনাইপানা য়োংথোল ওই । তাংলৈনা য়োংচৈ ওই । লিন্দুনা কাংজ্রু ওই । তিনগুন নাপুয়া লুমলি ওই । লিনহানা চৈপুল ওই । লিনকোপনা লাংগোল ওই । থেংগুনা লোংথুম ওইভৈকী । হে য়ো পিরেল গুংদাই থোমলকলেদা । হে য়ো লৌরি ভমদাই থুংলকলেদা । হে য়ো কৈ কে চাদি শিদা কৌ । নোংয়াই খুমন চাদি নাত্তা কৌ । থাংহি চোইনা লংলকলেদা হে য়ো । অণ্ডমনা

শক শোল্লগা থারিবা চেং-লৈ অহু নাক্লন্দা থম্নগমি অহুগা থালৈ লৌতাগনিয়। অহানবা য়োংলৈ তেংপাক তৌহুনা কাংখৎপাদা লৈরম্বা, কৌথা, কাওথুম, থরোঙ্গ অচংবা, অহাম্বা, ভিন্নচিংবা। য়োংলৈ ২শুবা, অহুম শুবদা লৈরম্বা মুন্না য়েংগনিয়ে। কৌ মরু অচং লৈরম্বাদি য়াম্না কৈ। লৈরম্বা অহু পুররুগা লৌরুপাগী পাউহু হনজিনগনিয়ে। পোং অহুনা হিচল য়াইচলগনিয়ে। ফৌনা লৌতাবদা থাংজিং, মর্জিং, য়াংব্রেন, কৌক্র, কোইনা য়োংলৈ শোম্বলগা মরু থারমগনিয়ে। অহুগা ওম্নগনিয়ে। অহুগা চেং-লৈ অহুম্নু থারমগনি। লৌতাবা লোইরপাগা য়োংলৈ লেংতা থোংহুনা য়ুমদা লৌকারক্নি। অসাইগী যোং থমফমদা য়োং থনম্নগা, কৈমাংদা খুং লোলন্দুনা লৌরুংপাগী পাও হনজিনগনি।

হে কৈরুং হনবা লাইনিংথৌওঃ, ননাইনা কোলোয় থৌতিক নয়াথং পুহুনা থালৈ লৌকোয লেলকি। নতাও লৌরুংপাদা পাওতাকচরুপাগী। থালৈ লৌতাজবমলে। নতাও লৌরুহনবানা কুমশি পিখিবা চাকাতু ফৌজেং ফৌগাই ওইনা পিগ্রে। এরুনু ইকাইয়ে। ওম্নকপা কুমচাগীদি। কোংতাইবু তনাল তনাল তসোইনা শেমহুনা থৌরাংওম্মু। পিখিরিবা চাকাদগী চাকা অনি থোইনা হেন্না চাহি চারোং চুম্না কোংতাই থনববু পিরককে পাওহনলু হাইনা। নতাও লৌরুং হনবনা পাওহম্নকয়ে। হে লাইনিংথৌওঃ। থুরুমহুনা লোইগনি।, অসিবু লাইনিংথৌ লৌতারোল কৌএ॥ হে মীওইবাশিংও নপুক তপ্না থাজনা লৌতাববু, লাইগী য়াথংবু কাইদনা নপুক থাজনা লৌরাং থৌরাং লৌতম শিংতমজরবদি লাইনিংথৌ কৌক্র, লাইরেম্বী কৌমু ২না চহি কুমজাগী মতৈ মরোং পিনা

কৈপুক কৈরেন থনবনু লেপ্পা লনকুবীবানে।

সেৎ থুং চাকথুংনা পানপানে। হে মীওইবা অফাবাশিংও। থাজাত্রারবদি লাইনা অহোইননা মানপা মপিক্লিয়। নবুক চেৎলো খণ্ডো ৬।০। লৌতালোলদি (তারেৎনে) অসিনা অথোইবানে খণ্ডো ॥

হৌজিকতি লৌগী লৌকা রোলবু হায়গে। পে.ইগু থা লৌরোকপা অহানবা থাংগোল থাহনা থাওবাগী মুমিৎ থবাল অফবা য়েংলগা হয়েং থাওগনি হাইবা-মুমিৎতো লৌবুকতা কুমহনা, হে লৌকোল লেন্দা লৈবীবা, তিন-কাং, ন্যাপি মাই চৎতবা পুম্বা চৎথোকখিযো। লৈরাগনু, হয়েং কোবা নোংতাগী থালে লৌরোকপা হৌরগনিয়ে। লৌরুং হনবা লাইনিংথৌও:। পাওজেলমগনিয়ে। অহুগা লৌ থাওবা মুমিৎতা লৈ-ও থরা লাতোল মচা অমদা পুহনা লৌ থাওগদবা মফমদা, লৌরীদা থাহনা থুরুমগনি। বাহৈদি:— হে লৌরুং হনবা লাইনিংথৌও: অসি কোরৌ মুমিৎতা, নোংপোক চাক লাইথাং তোংগোনবা থোংনাং শেকপি য়াতমপা ময়া ৭৬০ ফাংবনা সামু থুৎতা পাইনা থালে লৌথাওজরগে। চাথোক লৈবা পীরবীয়ো। হাইনা থুরুমগনিয়ে। অহুগা নমি নন্দানা লৌ থাওগনিয়ে। লৌ থাওবা অহানবদা থুহিং তাবদা মি নন্দনা তাগনিয়ে। অহানবদা মিনা নমা হেক হেক তারুবদি থোং থুং লেয়ে। শোকয়ে খণ্ড।

হৌজিক্তি লৌ য়েবাগী মাকু হাইগে অহানবা য়েবাদি অফবা মুমিৎ থবাল য়েংহনা লৌ য়েগনিয়ে। লৌবুক্তা ফকলেন থাহনা চেন্দৈ লাংথৈ নাচিংবা-দা লাতোল ১দা হাপতুনা ফকলেন ময়াইদা

থাগ্নমি চৈরোং হুমাই কৌয়িনতোপ, কৌবোল থৌরিনচিংবা কক ময়াইদা থমতুনা মাই অৱাং ওয়া থুরুমগনি। বাহৈদি হে লৌরুং-হনবা। লাইনিংথৌ ওঃ লাইরেম্বী ৭ মকও অসি কোরৌ হুমিংতা ইমা লাইরেম্বীবু থাংয়ি থাদা পমনা লোইমাম থুদাপ থোমনা থাংয়ি পেৎকা নেং। লোইমোম পোপতেক য়ৈপাবু য়ৈওনবী। হে ইমাও। চাহি চৈগাকপা চাথোক হেনকৎপাপু পীবীও। হে লাই নিংথৌ লাইরেম্মা অসুম থুরুমনা লৌ য়ৈগনিয়ে।

হৌজিক্তি কৌচি পৈথৎতুনা হুমাই মাইবোংহুম। কৌয়িন-তোপ চেপগোৎনা হুমাই মাইরোং হৌনা হুয়দা চারুনা হরুবী ১ শাহুনা তাশিন খোমজিনগনি। চারুনা খোইনিং ১ শাহুনা কৌ-নমলৌমদা নমতুনা খোইনিং ফাওবা লোইরবদা খোইনিংতু থোংনা নেৎলগা হুমাই হুয়া চাথোক হেনগৎহনবীযু। চায়না নেৎলিবা খোইনিং অতু তুংলোমদা ইনথোকখিগনি। লোইববদা লৌপুনা চিংমুক পৈরিবা লোইমোম কৌগী মথক্তা হুমাই ১ পাইতুনা মাই অৱাং ওয়া মতোলদা কাখৎলগা, লেপতুনা খুং ১না হুমাইতু পাইনা কোকথক্তা থোংনা, অৱাং কৌক্রু চিংদোল, থুরুম লেলতা য়েংহুনা চৈ-হাক কৌমি নিগনিয়ে। বাহৈদি হে অৱাং কৌক্রু অশুপপা পোইরৈ খুনসোম্বা তায়ুম নাইয়োকপা লাইনিংথৌও: অসি কোরৌ হুমিংতা ফকলোং চারাই থা লোইমোম চিঙপুং পৈরিবা অসিদা চাথোক হেনগৎপা পিনবীয়ু। নমিংবু নানথা চারি অচিবা কৌএ। নানথাবিরকউ লাইনিংথৌও: অসি হাইনা কৌ মতোল অতু খোঙ য়েৎনা খোমনা খোমনা। অৱাংদগী কৌক্রু লাইজি, মোং-চুপ, মোইরাং মথ:, মৈরম নোংপোক চিংথে। কোইনা খোমনা

নেৎশিন্দুনা লেংবীগনু ছাইনা অহুমলক কোইনা খোংনা নেৎলগা অৱা'দা লোইগনিয়ে। অতুগা তুং হুন্না মথাদা কুমথরগা হুমাইছু ফৌ মথক্তা কুপতুনা থমগনিযে। অসুম ভৌনা লাইরেম্মা ফৌপু ভাইহাক পোৎথা হনীগনিয়ে। অতুগা খুৎলংনচিংবসু পোৎথাগনি। হৈথা পোৎথানাচিংবা চামিন্নগনি। পোৎথাবা লোইৱগা ফৌ কাবগী মরোল ছাইগে।" ফকলেলদা চিংপুং পৈরিবা ফৌছু থুমোক ১ পাইতুনা খুৎ অনিনা থুমোকতা পেক্কনিয়ে। ৱাহৈদি হে ফৌরেম্ম, ফৌনিংথৌও:। তয়ুম খুৎলং লৌরমচানা থাংয়ি চেপকোৎনা সামু লুৱোই খোংনা সোইমোম ফৌকারসে হে য়াবীরেল শিদবীও: অসি ছাইনা পেকতুনা ফৌ ছানগনি। অসুম ছানবা পেকপা ফৌছু লৌপুনা পেকতুনা ছান্না সংবাইদা ছাপতুনা খোইনিংনে। হনুবীনে অমা শাতুনা অনিতুগা হৈথা পোৎথা খরগা লৈ থরগা ল.দা য়োমতুনা ফৌ সংবাই মথক্তা ছাপ্‌না লাইরেম্মা কাকনিয়ে। লাইরেম্মা কাবদা কৈ যৌত্রিউৈ বা ভাংবা ফৎত্তে। মী কৌনফদেযে। য়ুমলৈমানা ছান্না মাং থানা কাগনিয়ে। অহানবা কাবা ফৌ অতু যুমদা লৈবা মীনা কৈমাংদা কখী ১ দা খোইজু লৈথাম মৈ ইকল্লগা ওকনি অতুগা হৈজিনগনি। অহানবা লৌয়ৈবা ছোৎবগী চক্কনা শাবা খোইনিং অমসুং হুন্নবী ২অতুনা লৌয়ৈবা লোইবা ফাওবা শিজিন্নগনি। লৌ যৈবা লোইবা হুমিৎতা লৈ, লাংথে, হৈথা-পোৎথা। লফোয়, চু, কানচিংবা। ফক লেন চিন্নাই থারিবা অতুগী ওইরোম থৎবদা থাতুনা কৎকনি। অসি কোৱৌ হুমিৎতা ফৌওইবী লাইরেম্মা ৭ মকনা নহাল মখৈ লৌরাং খৌরাং লৌতম শিংদগীৱগবু ইমা ৭মকনা খোমজিন

জাশিনরীদ্রুনা পোৎচিন্থ লাংবল কার্যশি হাইনা খোইরুমগনি। অত্থুগা লৌ টরগনিয়ে। লৌ লোইবা গুমিংতাদি ফক থারিবা ফৈদোম মকোইবা অত্থু চরু থরা থরানা লৌ য়েভ্রিটেদা ঈথোং অকোইবা থিংগনিয়ে। ঈথোং থিংবশী য়াইহৈদি:— হে লৌরৈমাবীও: ঈরিক ঈথোং লেংশীও:। লৌরি শুংদাই লৈক্রক লাম্বীগনো লাইরেম্মা নতিনফমদা তিনবীয়ো হাইনা থিংগনিয়ে। ফকথক্তা নুড মৈযৈ মৈখেৎ পুখৎফাদেয়ে। কাংচুপ মৈথু থকফদেযে, লাইবেম্মানা নামুংয়ে। চংথোক্লগা থকনিয়ে। মৈ হৌবস্থ ফকথক্তা হৌফাদে, ফকথক্তা যন, ঈরোই, হুইনা চিংবা শাশিং কাফদেয়ে, কাফদেয়ে নামুংয়ে লাইরেম্মানা থমবিয়ে।

লৌ লোইবা গুমিংকী লাইরেম্মা কোইপাগীবু হাইগে লৌ যৈবা লোইরবদা ফৌরোল চ'রৈ মপুন অমা চরু যুদিং ময়াই অরাংলোমদা মকোক অবাং ওন্না থমলুও লৌপুনা নব্রগা লৌপুগী লাইরেম্মা কোইবা য়াবা মী অমনা। খুদৈ কোকয়েৎ যেৎলগা ভৌবাং ইম্নাফি ইন্দুনা সংবাই ১ ওইথংবা নাকলদা যেপ্তুনা কৌক্র লাইজি পাংবরম চিথেক য়োনা লৈখাদা তারম্বা ফৌ চরোং খুম্না খুম্ন-গা, হাপচিন্না কোইরকপনা মখা মোইরাং যনথোং চিথেক যোনা। নোংপোক মৈরম চিথেক য়োনা। অবাং চিংথৈ চিথেক য়োনা কোইরুতুনা, অতাবা ফৌ চরোংশিং অত্থু খুন খুন্দুনা কোইরক্লগা। অবাংগী লৌ য়েয়িবা চরু যুদিংলোমদা থনমলিবা ফৌবোল চরৈ মপুল অত্থুদা চংলগা চরৈ ফৌবোল অত্থু থেঙখাং থেকতুনা সংবাইদা হাপলগা, থমতুন', মাই অবাং ওন্দুনা সংবাইনা মাংদা থমলগা খুং অনি লোলন্দুনা। অবাং কৌক্র যন মরুম শাবা

খুক্ময়েন্দা থৌনিগনিযে। য়াইহেদি হে কুমন্সা কুমলিক লাইঙ্গং। অসি কোয়ৌ নুমিৎতা, পোইন্থ লৌয়োকপাগী তাশিন থোমজিনবা লোইজয়ে। লাইরেম্মা ৭ মকপু কৈরেল হপসা য়িমচঙ তাক্ফং-লাপ্সে হাইনা খুক্মগনিযে। অদুগা লাইরেম্মাদু হাপলগা কোক্তা থোংথ্লনা ফুদিৎ ময়াই শম্মা কারগা ফকলেল ময়াইদা সংবাইদু উপ্পা হৈথগনি। অতুগা লৌ য়ৈরীবা কাংবুনা লাইরেম্মা কোইরি-ঙৈদা, লাইরেম্মা ৭মকও, লাও/২ নযুম কৈরেন্দা কাবসে হাইনা কৌবগা। হৈথারিবা ফৌবোল চরৈ চ'রাংশিংদু নিংথিনা মুম্না চৈরোংনা য়ৈগনিযে। লৌ লোকপা লোইবগি'ন।

ফৌজিক্কি কৈদগী ফৌথাইরোলবু হাইগে। লৌ লোইবা নুমিৎতা ফৌ থাইবা হৌনদে। য়াকচিং থা ১ চাম্নবা থমহৌ-বগা, কৈথোং লোন্দুনা থমগনিয়ে। ফাইয়েল নোংমা পানবদগী। নুমিৎ থাবাল অফবা যেংলগা ওৎনবা শোকতনা ফৌ কোংথোং হাণ্ডনা কৈনিগনিয়ে। ঙমজবগা কবোক অথুম অহাও থোইজ্ লৈথাম ওকতুনা কংলগা থোইরুমগনিয়ে। অমুম্না ফৌ থাইগনিয়ে।•।

মথংদা ফৌওইবী খুরুম্না। ফৌগৌরোল হাইগে

হাযাহে লিকলাইও, ইপুংথৌ নোংথৌরেলপু মপাও, নতাইবেম তাইম্বম ইয়াকমানা নাহানোং হায়িঙৈকী, খোইমোম লাইরেম্মা, লোইমোম ফৌওইপি, থাংথ্রি অহোংকি, স্না মাথোং খুল, খোং-পুরোল লোলয়ামম্ম, হায়া লাওনা শৈথিজারককে॥

য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা। ফৌয়াই লৈমা, হে চামা চাকুয়ি; পোরৈ উনয়োকপি, তাইযুম নাওয়োকপি, তম্ফা থাঙয়ি মামিং য়ামপি, লোইমোম ফৌশিং হকপিগা। লৈমুং ফাইপি, তেয়া

কোল্লাংনশিপি, হাইন্নু লৈমা হাইনিংনপি খোংচিন্নুং লৈপম চান্নু খোংচারোংপা, মমোমলেনকা। য়াকচিং হৌকোনপম চান্নু, খোইনৌ নিঙোল ঙ্গরাপিগা য়াংমোম মাঙ্কুই লোইনাই,পান্থি লমতমনা হাউনা তোনতেক্না। ঙ্গংপি যৈনা ওনমিন্নপি, তোইপি কোনমিংনপি কোংলাংঙ্গুকা খোইনৌ মতা ৮ মকনা। মায়িম খোংনাং পাংসে হাইনা। খোংনাং মচু পামেল খেৎপা, মংরাইরেল খুংশাপা, মোইবুং পোৎতম পুবা। অতু নোংকীবু লমলেন লোইচি য়ারোই চিংও ঙৌনা কৌএ॥ খোইনৌ মতা ৮ মনা ক্যোরৌ ঙ্গমিং ৫ নিপু নমনা ফাইরমমে অহু নোংকীপু ফাযেংও খোলমমে।

যোইপু খোইমোম লাইরেম্মা। খোইনৌ মতা ৮ মকনা লমক্লেন মতাইমা। খোংতেক ঙাপুরম লাংলে কোংয়াং য়াপুবমপু নাতৈন্না লোইপি চিঙঙম কা। হেমপা অথা চাংমাই শমথখিবাপু লমলেন মতাইমা, অমচিন্নুং লৈকোল, তংখু লৈপোকপপু, লাইচা মমি নাই, ইমু মরাংহৌ, ঙ্গংপি যৈনা ওন, মেন্নাং তালপা খুয়ৌ ঙমচাও হুলঙামলাপাকিতমক। য়োইপু তমফা লাইরেম্মাকি। খোইনৌ মতারোই লেমলৈ ঙারা ঙাওইপিতি, লাইজা ইকি চান্নপানা। শামপা ইরোই তম, ইমু খোংকাওন, ইঙৌ সাতাইনা লাইচা ইবানখিয়ে হাইপ্রা। য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মানা, য়াওইখিএ। ল্যাইচা নঙ্গনা নরাং হৌঙমলপাকি খোইনৌ ইতা লেমলৈ ঙারা ঙাওইপিপু; শিংঙেল সেৎনরে লৈরাং খাইনরে হাইনা, লাংলে কোংরাং চৈন্তনা লাইচা ইপুক থাইনা যৈরমএ। অহু নোংকিপু, লোলোই ইয়ৈপুও খোলনরমএ॥ লোইমোম ফৌওইবীনা য়াহমখিএ। হে খোইনৌ ইতা, লেমলৈ ঙারা

ঙাওইপিও নংতি, থাংয়ি ঐনা ইপাল ক্ষা, লোইমোম ইচেং চং-লকপাকা, হয়েং তাইবং নমু পোং ওইপাগী চামলৌ লুকপাল থক্লা লমওকনসে। হাইনা পাওমেনরমলগা। থোইনৌ মতা ৫ মদি থিংলৌ নিংনা তেন্না হুলম্লাইরকলে হাইতাপ্রা॥ য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবীদি কাদাইবমতু থংথা-খিবানো। লরাই যুমপুক কোই যুনযেক চিপা পাওনাইতবা লৌরি থিনপি মনম যাংনা, মরাল ইমকা তমলকপা ওইপতা থংথখিএ। চিপা পাওনাইতবনা অযুক লৌকুম ১ তৈ, সুমিং তাংলৌকা ১ তৈনা, মপারি নাওথকনৈত্র। মমোম নাওহমম্না লিকলা উনকোই-নুংতা মনুং যাতারিপি ফৌরাও॥ উবিৎ লো য়ামপি চ', য়াংপা শিরাই বংচা, মহাক ফিডাং কিশিনা মচিন কোনডৌ হাইতোপ্পা চেক্লা, চানা লাকা সেংনা, মবাল ইমকা তমপা চেক্লা অয়ুক লৌকুম ১ তৈ, সুমিং তাংলৌকা ১ তৈনা, মপারি নাওথক্লা মমোম নাওহমন্না লিক্লা উনকোইনুংতা যাতারিপি ফৌরাও॥ খুম্ব মান-থিক তেরা, মমা পুচেং লৈনৌবিচা, লাংলেন কোওয়াং বাতোল থক, রাসা থনকৈ থক্তা সিংপি য়াদা চিক্লা, মমোম নাওহমন্না লিক্লা উনকোইনুংতা মনুং য়াতারিপি ফৌরাও॥ লৌথি লো ঙামুথেবে চিনপাকপি চানা সোরেল ফুমবি থকতা হুপনৌ তোনকা চিংনা মবাল ইমকা তমপা চেক্লা মপারি, নাওথকনা মমোম নাওহমন্না লিক্লা উনকোইনুংদা মনুং য়াতারিবী ফৌরাও॥ মালপি লিহেপ্পা কাওরেল তৈপানা থাংয়ি নেংকা নেং, লোইমোম সাইকা সাইনা কাওরেল খোংগুলকি লিক্লা উনকোইনুংতা মনুং য়াতারিপি ফৌরাও॥ তাইয়ুম লৌরেমচা ১০ চাতালপা থাংযি অচেল লোইনা,

নোংপোক চাকলাই থাংতোল কোনপা তাংখুল থারমপি লৌথৈ থাঙ কাঙ্গুই মুরাপি ফানা থাঙ, মচিল খরঙ হাইমু মলপা মথৌ কোনপি হৌপা ময়া ৭৬১ পানপা থাঙনা ওইতা লৈরমকা খোনপাপু খোম-যোনবী। য়েৎতা রৈথাংকা হাইপাপু হায়োনপি ফৌরাও।। থবাক লৈখোম চোংপি, চোয়াং লৈরিক কাবি, লুতুং কিশিম্নবীশিংনা, লোইমোম থাতা পমপাবু পময়োনবী ফৌরাও। থাংয়ি চরৈ থাবাপু থায়োনবী ফৌরাও। মরোই তোইপি খুরক হৌনা শাবা ফক। লোংপু লৈরা করিংফক, ফকলোং চরাই থাপাপু থায়োনবী ফৌরাও। লাইচম লৈমা খেকমোম থালবী সামু চাংজৌ খুফাং ৫ না ওইথি চৈ। উপল চৈরাং ৫ ফাংপানা থাংযি চাদোল হাইপাপু হাই-য়োনবী, লোইমোম পোপতেক ফুবাবু ফুযোনবী ফৌরাও।। মপল খোংনা হোয়ামবীচা, পাইমা ক্লিনকোইগী, ফৌবা যাং-লাইকোকমু লানত চৈ। তাংখুল হুলচা নিংথৌবা ইতম সেংইংসপা, কানা চৈনা য়ৈপাপু য়ৈয়োনবী ফৌরাও।। তাযুম লৌবেম চাশিংনা পামেল উমাই কোৎনা, লোইমোম ফৌম্লিনতোকনা, থাংযি চপনা কোৎপাপু, কোৎতা য়োনবি, লোইমোম চোইনা লংপাবু লংযোনবী ফৌরাও। য়াংলা হুমাই মাইরে হৌপাপু হৌয়োনবী ফৌরাও। থাংয়ি অচেল লোইনা, পোৎপু লোংলম তেক, লেঙপাইনারো তংম্ন', লোইমোম মখুৎ থাঙৈদা, তাইযুম লৌরম চাম্ন, কৌনা চারৈ কোম-তপি খুলং মুরাবিশিংনা বাঙলন অসা লৈপু খুইতপিশিংনা লৌরি খুৎথিনা, মনখি খুৎতা নাম্না, পাউকোল খুরাওনা, তাংচা লৈথংলা, থাংয়ি চেনা হাইনা লোইমোম চোইত্তনা। লিক্লা উনকোয়লুংতা মহুং য়াতারিবী ফৌরাও। নংবু লাওরো কৌচারিয়ে। কৈরেল

হাপদা কৎপাদা কঠী নৌরৈথু খোইজু তোলাক ইকনা, সাযু ওইরোমতা থিলিবা য়াংলৈ থরুং অসিদা মুংচেং চাসি ওই, হুমিং য়ুরাল ওইনা, তুরেল চংলৈডোই, হাপু কুমপপু থাংয়ি নয়াফমদা য়াতাররো, লোইমোম নত্তিনফমদা তিলররো ।।৩।।

য়াংমোম মাহুইলোইনাই, যোইপু খোইমোম লাইরেম্পতি, কতাইরমতু চোংপাল লানখিবানো। মমা লৈমুং পিয়াইমুচা, মমালিনকোইগি, লৈমুং থোঙারেন অহলপা, সাবা কংলৈ পুংফবদা তাংথাখিএ। খোইমোম লাইরেম্মাপু, মায়িম লৈমুং খুল, নিংথৌ সাবা কংলৈ পুংফাপানা সুনাই উথিলনা কংলৈ পুংফাওনবোএ ॥ লৈমুং থে ঙাংবেল অহলপানা, থাংয়ি অহোংকীদি হোংনা ভমত', লোইমোম চাওইকীত চ'ওনা ভমতে। লোইমোম ফৌওইপিনা, থমমুং লাংওন খেংল, সাবা পলকোল খোলপু নাচুংলমদে ।। তোপা হুলালমএ। লৈমুং থোঙারেলনা অহোং তানফংনরৌতে। কংলৈ পুংফাওনরৌতবা ফৌবাও। লোইমোম ফৌওইবীদি কদাইবমহু চোংপাল লানখিবনোনে। নাযুবা চিংথোং পোইরৈতোল, খুমুংয়োই চাখা অরিপাগা সাবি মাতৈ রৈমা, লৈমা লৈনাও তাবি, খুমুং ভালপা মপু নিংথৌ চানুগা লমলেল খুনকারকপাদা হৈনা মতুং ইম্না, মমা মমৈ য়াইখৎলকপি ফৌওরাও। য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মাতি, কাতাইরমতু চোংপাল লানখিবানা। পুমলেল মৈনাইপা মৈমুং সেযা মৈবা তৌবদা তাংথাখিএ। থাংয়ি অহোপিংদি কদাইবমহু চোংপাল লানখিবনো। সোংচা নিংথৌবা হেপু কাংচিকপা ভাংচেং লৈচং পাংতা তাংথাখিএ। থাংয়ি অহোংপিনা হে পুকং চিকখেংল ভাংচেং লৈতক খোলপু নাচুংভমদে তোপা হুল্লালমএ। সোংচা

নিংথৌবানা কংলৈ পুংকাওনরৌতে। অহোং তানফংনরৌতবী ফৌরাও। লোইমোম ফৌওইবীদি কদাইরমছু চোংপাল লালখি-বনো। য়াংমোম মছুই লোইনাই, লোইমোম ফৌওইবীগা, হাইয়ু লৈমা হাইমিংনপি। চিংনু লৈখা চিংমিংনপি, ৱাকচিং হাওকোন-পম চান্নু, নোইন্নু থুমওইপি, তোইপি কোনমিংনপি, কোলাংচু, লোইমোম ফৌওইবীদি কদাইরমছু চোংপাল লালখিবানো। ইচিকসি ৱাকোং নিংথৌবা ৱাইকোকপা লমমাহলতা, তুরেল ৱাইখুপিচা মনম ফাংনা, সেংতাকয়া মরাল ইমকা তহলকপাদা থংথাখিএ। থাংয়ি অহোংপিদি, লাইজ ইরাওথোল ঈথকফেল খোলপু নাচুংলমদে। তোপনা হুল্লালমএ। ইচিকসি ৱাকোং নিংথৌবানা, কংলৈ পুংফাওনরৌতবী ফৌরাও। থাংযি অহোংপিদি কদাইবমছু চোংপাল লালখিবনো। কৌপাবোল নামোইনু পাইমা স্না.লল-কোইগী, লুরাং নিংথৌ পুন্সিপাতা তাংথখিএ। লুরাং নিংথৌবানা লুৱাং সেইবেল ইরুম লম যাংলা হৈতুপ পোক, সোংপা যিমজাও মলতা। চামু লুক্কা লেমনা, অহোং তানফংনরৈএ। হোঙযিকিদি হোংনা ঙমতে। চাওযিকিদি চাওনা ঙমতপি ফৌরাও। লোইমোম ফৌওইবীনা তানলোই লুমতিলখোল, চরৈ ইৱাং যিশুখোলপু নাচু ঙমান্ত। তোপ্না হুল্লালমমে। থাংয়ি অহোংপিদি কদাইরমছু চোংপাল লানখিবানো। লমলেন হাউযাই কাইরং পুংতোংপাদা তাংথখিএ। খোইমোম লাইরেম্মানা কবলৌ তাওথোং ঈ, শিংথা লুথোং ঈনা ঈহা ঈকেং মাবু, খাজাকাত্তে, ঈহৈ ঈরোং মাবু পুযাল চাফাতে, হাইনা তোপ্না হুলালমমে। নোংপাল সুতবাং লুরাং ঙাতাবানা কংলৈ পুংফাওনরৌতে, অহোং তানফংনরৌতবী

ফৌরাও। থাংয়ি অহোংপিদি কদাইরমত্থ চোংপাল লালখিবানো। হাওকু ময়াংলমগুস্থ। লমলেল কায়িং কায়াং লৈভোংপাতা ভাংথখিএ। লোইমোম ফৌওইবীনা। চানা ঈরাংখোল তোংলেং লৈমং খোলপু নাচুংলমতে। তোপনা হুললালমএ। হাওকু য়াং-লমপু স্থনা কংলৈ পুংফাওনরৌতে। অহোং তানফংনরৌতবী ফৌরাও। থাংয়ি অহোংপিতি কতাইরমত্থ চোংপাল লালখিবনো। কমপোংখিঙ কমপোং রায়াপা, পিরৌ পাৎ খারম লাল তোংপাতা তাংথাখিএ। কমপোং থিংক কমপোং রায়াপানা য়ুইলা মসিল, যুঙোল মতৈনা, খারি লৈখোংচু, হাউমল মালৈ লৌ, ভাইরোং শিংপাক সা, খুচিন সিংলাইনা, কমপোং খারমপাৎ য়ুহোংনা থাংভা লৈরম পাৎপু য়ুনৈন্না, অহোংবীদি হোংনা ভমদে, চাওই-কিদি চাওনা ভমদবী ফৌরাও। লোইমোম ফৌওইবীনা, থুমনাও হেসোনখোল, য়েনাওনাহে খোলবু, নাচুঙলমদে, তোপ্না হুল্লালমএ। থাংয়ি অহোংবীদি কদাইরমত্থ চোংপাল লালখিবনো। ঈরোক ঈরাইপা লোকপা ফৌরোই চিংতোংপাদা তাংথাখিএ। লোইমোম ফৌওইবীনা লোকমু ঈরাওখোল, তমনা হুইসোলখোলবু নাচুং-লমদে তোপ্না হুল্লালমএ। ঈরোক ঈরাইপানা কংলৈ পুংফাওনরৌ-তে, অহোং তানফংনরৌতবী ফৌরাও। লোইমোম ফৌওইবীদি কদাইরম চোংপাল লালখিবানো। ঈচিকসি ঈকাংকৌ লোইয়া কাংকা মুংতোংপাদা তাংথখিএ। লোইমোম ফৌওইবীনা ওকলেল য়াতম খোল, লাইরেল চিতম খোলপু নাচুংভমতে, তোপ্না হুল্লালমএ। ঈরোক ঈরাইপনা কংলৈ পুংফাওনরৌতে অহোং তানফংনরৌতবী ফৌরাও। থাংয়ি অহোংবীদি কদাইরমত্থ চোংপাল

লালখিবানো। পাসি চুকোক লাইহাপ্পা চিংবা ফুবা তোংপাদা তাংথাখিএ। খোইমোম লাইরেম্মানা ককৃসেল-লালদা খোল; মরাং নাওসেকত খোলপু নাচুংলমতে। তোপ্পা হুল্লালমএ। পাসি চুকোক লাইহাপ্পানা অহোং তানফংনবৌতবী ফৌরাও। থাংথি অহোংপিদি কদাইরমত্থু চোংপাল লালখিবনো।

নিংথৌ ফালথেক সোকপা, খুম্বাই হাওরা লুমলাং তঙ-তোংপাদা তাংথাখিএ। নিংথৌ ফালথেক সোকলাইপা সুমাই উথিলনরৌতে, কংলৈ পুংফাওনবৌতে। অহোংকিদি হোংনা ঙমদে। চাংওনা ঙমতে। খোইমোম লাইরেম্মানা তালোই মরুমপি, লৈমা হাওরৈমানা তালোই লুমতিল খোলনাপা থুংফুখোল। তিল্লাং হাইসিং খোলপু নাচুংলমতে। তোপ্পা হুল্লালমএ। লোই-মোম ফৌওইবীদি কাদাইরমত্থু চোংপাল লানখিবনো। কুকি অহোংপা লাইকি অচৌবা, লোইবেল থুলবী লোকতোংপাদা তাংথাখিএ। কুকি অহোংপা লাইকি অচৌবানা, কংলৈ পুংফানা অহোং তানফংনরৌএ। হুলবা লুকথেকপাহ্নং, লুকা থেকনারৌএ। কুকি অহোং পানা লাইকি অচৌবনা, হোংয়িকিদি হোংনা ঙমতে। খোইমোম লাইরেম্মানা। তুবি যিম চঙখোল, লাইরেল যুকৌ খোনপু নাচুংলমতে। তোপ্পা হুল্লালমএ। থাংযি অহোংবিদি কদাইরমত্থু চোংপাল লানখিবনো। কে কে থোইদ্রিংচম মপারি মোইরাং অকোংচামপাদা তাংথাখিএ। কে কে অকোংচামপাদি, লাবা থুমনবু যাংদৌ শারম লিখিএ। খোইমোম লাইরেম্মানা বাহমখিএ, কে কে থোইদ্রিংচম নিঙোলবিও। যোইমায়াই তাও-দনবাবু মতাং তেল্লকালে, নংগী ফুংকা খিকপি লৈরুমুং নাকতা

তাংলমকে। হাইনা ঝাহমপাবু। নংদি নমু মিহিংকুন্নী লাইনে যাংলৈ তাওবা ই হুইরোই য়ামমে তাংকারোই হাইনা ঝাহমখিএ। তৌয়িকিদি কাওরেল নশনকোন্দা তাংলমকে। হাইপাসু। কাওরেল ইশন য়ামমে। তাংকারোই হাইনা ঝাহমখিএ। তৌয়িকিদি সুমাই নথৌপোমদা লেকলমগে হাইবাবু। মেনাং তলবা সাকা-রমনে হাইনা খুৎনা ইন, খেক্রা কোইনা ঝারৎনখিএ। খোইমোম লাইবেম্মানা, নমতু নমনা যিমলেল সাইকংখা, যিমগী শাইকং মাংসোক লমদা গ্নাতাবমএ। হাযেং নোংগা সোইরবদা, খোই-মোম লাইরেম্মানা। কে কে খোইদ্রিংচম নিংজোলবিও। কংলৈ নসুমাংদা ফকলোং চারাই থাংরা হাই থারপাগা। লোইমোম ফৌওইবীনা। খাঙপা মনম থাঙগী কনফেৎ কনথবাপু, থাংযি-চিকা সা, লোইমোম চিংপুম পৈহল্লে। হাইতাপ্রা॥ খোইমোম লাইরেম্মানা। কে কে খোইদ্রিংচম নিংজোলপি। মরাল লোলয়িম যাইপু হুল্লালমএ। কে কে খোইদ্রিংচম নিংজোলপিনা লোইমোম ফৌওইবীবু, নংতা পাখা চিকএ, হাইনা সোলহৌএ। মপারি মোইরাং অকোংচামপানা, যারৌ সাপু, মলোকপাপু মরাল ঝাই-থুংলারে। হাইতাপ্রা। পালেম ইনাক মাপিও। য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা খোইমোম ফৌওইবীবু করম চেংলৌ শকথংহৌদবনো। কালকএ। হাইনা কে কে অকোংচামপানা ঝাহমখিএ। ঈরোই কে কেপা নুয়া পাও। খারি খোমখা হাল শিংশিং লাকায়োম ফিমু লৈরুমসি, হৈরাং খুৎতা সুনা খোইমোম লাইবেম্মাপু থৌখামলুও। হাইনা থৌশিখিএ। কে কে পাসু য়াঙনা অচেন ওকপ হৌ, য়াংলা খুৎতোই হুম্না, ইলতাখিব্াপু। য়াঙসু চৎলম ফানসংলেনতা

তালকংলুয়ে। খোইমোম লাইরেমাও। মামা নিংথৌ, কে কে মোইরাং নিংথৌ, অকোংচামপানা পাওমেনজারকএ। কে কে খক্তিম নাকতা নারল অমরক হুলহাই পিরকও। হাইরকএ। হাইনা পাওমেনপাপু। কে কে পান্থু য়াংও, খোইমোম ঐদি হুলহাই তম-লারোইয়ে। ম রামা নিংথৌ অকোংচামপাদা হাইরুও। হৈচাপা কুমদি তেকপি ওকমোম পুম্না মুবিনা কৌচাদিও। হৈচাজবা কুমদি কাইবৈ য়েনমোম পুম্না মুবিনা কৌচাদিও। হাই পাও-মেনলকএ। কে কে অকোংচামপনা কংলৈ পুংফাওনরৌতে, অহোং তানফংনরৌতবী কৌহাও। খোইমোম লাইরেম্মাতি কদাইরমতু চোংপাল লানখিবানো। কে কে মোইরাং ইথাই কৈরেমবা মাচিঙ চিনপু ম্মিতাখিএ। খোইমোম লাইরেম্মামা, হে খোইনৌ ইতা, কোদ্রৌ নোংখল তনাল সা। য়ারৌ সাচি তেংথোং ফুরাইও। ঐবু লাইচা ইতম্বীও হাইনা থৌনিখিএ। কাযিতৈতা লাইচা অহুকপাবুদি, অহকপা কৌএ। ইমু অথেলপুবুদি অপাবাও কৌএ। লাইচা অহক-পাবু সামপা ইরোইম্না পায়ে। হাইনা তমখিএ। ইমু অপামাবুদি হকএ হাইনা, যাবৌ খুরুপম্না ইতমখিএ। লোইমোম কৌওইখিদি য়াবৌ সাম কোই। তুবেল মিংথাঙ কোই। নাম্বা খোইরেল থাঙনা। রাকয়ৈ হিকা ওই। সংগ্গী তৌতাং কোয়া, খুমু নৌকা ওই। পোজবি ম্নাইর চেকমাপা পান্ডুবী। চেম্না খাংপি রাংচাক খোকন্নুবিনা, তোংচেং হিনাও লা। লাইচা ইম্নাল লক-পাদা। রাকযৈ ইফাই চলনা লাইচা ঊম্না থৈথা তমএ। অহু নোংকিপু ইথাইও খোময়মএ। খোইমোম লাইরেম্মাদি লাইচা ঈতা তুমলে। নিংথৌ রাংপা মুল লোরাই মালমাম্নিলা।

খোইমোম লাইরেম্মাপু, লাইচা ইরোংনুংদগী খিকলেন থাদা পম্মা পুখংলকাল। হাইতাপ্রা॥ হে লিক্লাইও ॥০॥ (সংনৌয় চেন্নারেক) সংলৌ যুনারেক মনাও তোনবা থেংকোইয়েন (লাংকোনয়েন) ককুলা বাংমা তাবি, সংমু য়েম্মা। হে ইতা খোইমোম লাইরেম্মাও। হাইনা লামতুম নাম লাম্মা কৌভামএ। (লাও-লাও হায়না) লোইমোম ফৌওইবীনা, কোরৌ করমবনা লৈপানো। লাইচা ঈনাস্থং, কবম থৈবা ঙমপানো। হাইনা নাসোল্লমএ। অহ্ নোংকিপু নমলেন মতাইমা, ইথাইও তৌনা কৌএ। লোইমোম ফৌওইবীনা, বাহমখিএ। হে খোইনৌ ইতা নিংথৌ বাংপা সল লবাই মালসারিকও, নখোঙ খোঙ ৮, নসা সা ৬ ও। হয়েং থাঙোয় ঐনা ইপান ফা, লোইমোম ইনৌ চোংলকপাগা, নহা নাকেং মাপু থাচারাও। থাঙোয খোঙলোম্মা লোইমোম খোতিলম্মা, য়াংকোই মানাসে। হাইনা পাওমেনলমএ। হে খোইনৌ ইতা যারৌ সামা কোই। তুরেল মিংথাং কোই। লৈরাই মাকুয়েন, নরা খোইরেন থাঙ নতস্থ, হয়েং নমু তাইবং পোংনাও পংনা হায়ু মহুং সং, হুংনাং মনা রেক্কা। পালেম পিসোনলা, পনথৌ। পানোং থুমনাও হেমোম্মা, য়েনাও নাহেরকপাদা ১০ চাহমম্মসানো। চামলৌ লুকপাল থক্কা লমওক্লসে হাইনা পাওমেনলমএ। হে খোইনৌ ইতা, সংলৌ কৌতাং কোন নঙস্থ, কক্‌লা বাংমা তাবি নঙস্থ, লৌরি সেনতোইহুং লৈমাই লোখনহুংতা থাংয়ি খোংলোম্মা, লোইমোম খোংতিম্মা পালমিন্নসে, হাইনা পাওমেনলমএ। হে খোইনৌ ইতা পোলপি রাইহুং চুমপি। চেক্লা থাংপি রাখোং জুবি নঙস্থ। থাংয়ি ঐনা

য়াকারক, লোইমোম ঐনা পোংপৈরবদা ককলোং চারাই থকতা, ইতিন ইকাং মাবু মচারো। হে য়াবৌ সারৌচা সাচি খোঙকুবা নঙদি, থাংয়ি ঐনা মং, লোইমোম ঈসিং মাবু চারবদি কোবৌ নোংনা য়েং, মালেম লৈনা থংস্নো। হাইনা পাওমেনলমএ। য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবীদি কদাইরমতু চোংপাল লালখিবানো। ঙাঙম লৈমা, মাইনৌ চাগু লিলকোইগ। কে কে মোইবাং ইথাই কাইরেমপাতা তাংথাখিএ। খোইমোম লাইরেম্মানা সারেং থমচাও খোল ঙারেল হিঙন খোলপু নাচুং-লমতে। তোপ্না হুপ্লালমএ। ইথাই কাইবেমপানা, কংলৈ পুংফাও-নরৌতে। অহোং তানফংনরৌতবী ফৌরাও। থাংযি অহোংপিদি কদাইরমতু চোংপাল লালখিবানো। কাচেং যোংযৈপা, তানতে থাংসাপাদা তাংথাখিএ। খোইমোম লাইবেম্মানা মৈপি তোংহুন-খোল তেংনৌ য়োংযৈখোলবু নাচুংঙমতে। তানতেক থাংসা, খুরাই থাংসাপানা, অহোং তানফংনরৌতবী ফৌরাও। থাংযি অহোংপিদি কদাইরমতু চোংপাল লানখিবানো। লেবা তুমাপা খোংনাং লমচাওপাতা তাংথাখিএ। লোইমোম ফৌওইবীদি কাঙ-রেল লাইথেংখোল, মালবি চিযেখোলপু নাচুংলমতে। তোপ্না হুপ্লালমএ। লেরা তুমপানা কংলৈ পুংফাওনরৌতে অহোং তান-ফংনরৌতবী ফৌরাও। য়োইপু খোইমো লাইরেম্মাদি, বরানিংখৌ সোকপামপা, মাচিঙ চিনপু ইতাল্লকতা, য়াংমোম মহুই লোইনাই। তোইপি কোনসিংনপি কোলাংগু। হাওমা তোনতেক্লা পাপ্নি লমতম্মা, নুংপি কৈনা ওনমিন্নপী। তুপি অঙনপা, লৈরল অরেমপানা তাংচা মসম ককনা থামহৌরে। অহু নোংকিপু কবচিংও খোনলমএ।

খোইনৌ মতা ৪ না। হে খোইনৌ ইতাশিংও। খোইনৌ তোইপি কোনম্বিংনপি কোলাংমুপু লাককাপ্রা হাইনা। অসাইগৈকী তুপি অঙনবা, লাইরেল অরেম্বাসুঙ লাক্কাপ্রা হাইনা।"কোংনা য়েংলমএ। সি খোংও খোম্নরমএ। লাংলেন কোংযাং চৈশুনা মালেম লৈতা যুং-লমপাপু, তিং তিং লাংএ। হাইনা লমলেল তিংলাই লমমাংল ও তৌনা কৌএ। খোইনৌ মতা ৪ মানা লেংনা ফাংনা কারকএ। অতু নোংকিপু, লমলেল মতাইমা লেংলেন লমচুংসিও থোম্নরমএ। খোইনৌ মতা ৪ মানা। কোংয়াং চৈশুপু কনা কিনা হেনপনো, হাইনা য়েংপাপু। লোইমোম ফৌওইবীগী কোংয়াং চৈশুনা, খোকলাং তাংমা যোইএ হাইনা খোকলাং তাংমা খোইপাপু কক-লমএ। অতু নোংকিপু লেংলেন ককমাইও থোম্নবমএ। অসাই-গৈকি তুপি অঙনপা লাইরেল অবেমপানা উকানে হাইনা লোম্রা খুনা চৎখিএ। লেংখুও খোম্নবমএ। য়োইপু খোইমোম লাইবস্ম। লোইমোম ফৌয়াই লৈমানা খোংখোঙ পোংথোক খোল কাবল পোংথা খোলপু নাচুংঙমতে। তোপ্পা হুল্লালমএ। কান্নাল লমপু-পানা কংলৈ পুংফানরৌতাপি ফৌরাও। থাংয়ি অহোংপিতি কদাইরমতু চোংপাল লালথিবানো। লমলেল খোমপিতোক উঙাম পৈতোংপাতা তাংথাখিএ। লোইমোম ফৌওইবীনা ককচেং সৌ-চিলখোল তিনথোক লৈনি খোলবু নচুংলমতে। তোপ্পা হুল-লালমএ। খোমপিতোক উঙামপৈনা কংলৈ পুংফানরৌতে, অহোং তানফানরৌতবী ফৌরাও। খোইমোম লাইরেম্মাতি কদাইরমতু চোংপাল লালথিবানো। লুরাং মখা পুঙনু মোইচামপা কোকলেন লুহু খোপা। থাপুক চেনচিল য়াঙপা তেংলৈওন

কংমাইরে ইনাপা পাকসি চাঙৌ চিলপা। সারিক খিং খিং তুংখোংনাপা য়াংলা শিংলোই খোকপু, লিবথা মোইকা সা, থৌপোম মাইয়োই খন্না ককল্লোং চন্নাই থা, উপাল চৈরোং কাম্না থাংয়ি চাতোল হাই। লোইমোম পোপতেক ফুপা, থাংয়ি লুমপাল তোংপালতা তাংথাখিকে।। হাইনা লোঙনা ফাই নিংঙমএ। অত্থু নোংকিপু থানটৈ লমলোউ কইও থোনরমএ। লোইমোম কৌওইবীনা থাংয়ি চিংপুম পৈরে। লুবাং থাপুও মুমোম চামপানা, থাংয়ি পুরিকিংতি পুনা ঙমতে। লোইমোম হোলিকিতি হোম্না ঙমতরে। কৈরেল হাপসা থল্লে। পাখং সংবাই নাল্লোং তৎ, পোৎপু লংলম তেক্লা অম্না হক্লা চোক্লকপাকিদমক পোৎপু তাংখুপানা, থাংয়ি চিতোল থক্লা চৈপিরপাকি, খোইমোম লাইরেম্মা, লোইমোম কৌওইবীদি, খুাং নোংচেং লাও নোংথি লাইমন হৌ। চুপা ঙৈচা হেক্লা, থুমনাও হেসোল্লে, য়েনাও নাহেরে। মথংলেল নোংপাল থাপুং তুচামপানা রাহমখিএ। সানৌও, নঙপু কারিকি থুমনাও হেসোনপানো? য়েনাও নাহেপানো? থংলেন ইনে মচাও: নঙনা পোৎপু তাংমুপানা, নমকন চৈথা কনাইরপাগীপু থুমনাও নাহে সোনপানে। ঐবু তাইপং পানপু পানঙমলরোইয়ে হাইনা পাওথেমলকএ। খোইমোম ঐদি কোরৌ নোংকারগে। চিংঙ পলতালাগে হাইরপাতা লুবাং থাপুও তুমোইচামপানা মোমমু তালোই মুক্বীও। ইরাল মোংবা সঙমাখু, ইঙা সঙমালে ইঙেল সনোওতা। লরাই সেলপাং তুনাজপিচন, হা থা নাওনউ সঙতা য়াতুকখিসে হাইনা পাওমেনপাপু।

য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মানা, সাপিও ঐতি, খিমনাও হে

:মালনে ॥ লমলেল পুরুসি তাওয়োই পাংলেকোল। খানলৈ। লমলোংকৈ অসিদা কোয়ৌ নোংকারকে। চি.ঙ. পল তালখিরগে। খোইমোম ঐকী। কোয়ৌ নোংকাক্ষম অসিবু, কোঙয়াং তলখাই লৌ। নেমপি হুমতং খম্না যোইচাললো। লাংহৈ কুমশিং ওনলকপা খুদিং তেকপি ওকমোম অমুপিনা কৌচারিও। লোইতাম থা ১ ওনলকপাদি, কাইরৈ য়েনমাম অমুবীনা কৌচারিও। থাংয়ি অহোংকীদি হোংনা ঙমতা লোইমোম চাওইকিতি চাওনা ঙমতাপাপু, ললকুবিরমকে॥ হাইনা পাওমেনলমলগা। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা, লোইমোম ফৌওইবীদি। মরম লমলেল মতাইমা, লমলেল পুন্সি, তৌরোই পাংলেলকোল, খানৈল লমলোঙকৈতা কোয়ৌ নোংগাখিএ। হাইঃবাদা। হে লিকলাইও॥০॥

য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা। লোইমোম ফৌওইবী। হে চামিং য়াম। লোইমোম ফৌসিং হকপি। হাইনু লৈমা হাইমিংনবি। চিংনু লৈমা চিংমিংনবী। নঙখোইবু নদাইরেম্মা কৌজরিয়ে। কৈথুচাগা তৈনা, কৈরেল হাপসা কৎপাদা কম্বী নৌরৈখু, খোইজু তোলোক ঈকলিবা অসিদা তমফা নঙবু হুংজেং চামি ওই, তুমিং য়ুরাল ওইনা তুরেল চংবৈ, লৈঙোয় হাপকুম্ববু থাংয়ি নায়াফমদা য়াতাররো। লোইমোম নত্তিনকমদা তিল্লারো। যাংমোম নাহুই লোইনাই য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবী নংবু কৌজারিয়ে। নদাইরেম তয়ুম লিলকোয় ঈৱাকমানা, খোইমোম স্না নখোং খা খম্বাল লৈমা যোনবু। মানবি খুজাপ্পা মুকমু লৈতোল কোম্না মালেম লৈদা পক্লা হোইয়ৌ লাওনা কোনজিনলমগে। হায়াহে। হায়া হে। হায়িচা। হিজম চানা পোকপা মুঙকাং

শুনা যেনবা, মরমদি সরমপাক হাউপৈ থেন্দা লৌতাসে। তেকপি ওকমোম অমুবী ১না কৌচাথে। কাইরৈ য়েনমোম অমুবী ১না কৌচাথে। লিক্লা উনকোযমুংতা মন্নুং যাতারিবী ফৌরাও।।০।।

অসি লোইরবগা পারোই ফৌও। যনথোং রাবু ফৌও। তিক্লা কৈকোল ফৌও। পোংনম রাইরংবা অথোই লংথোইবা খুল। অতেংবা নুঙক্লাই মনাই। তোবে হাইচম, মযাং খুলদেন লৈরেল ফৌও। লাইরেন মৈদিংঙু, লিক্লাই নিংথৌবেলগী। মাথং মাস্থক, নোংমৈ পিয়োং, সাকোল শামু, শামুক ঈরোইনা, থেংনা ভানাল্লীবি ফৌও। সমলাং চেপ্পা লৈনা, চিংনারিবা ইরোক লাইচম খুদিংগী, খৈরোই যুপেং, তিংসি নাওসং, খুপিং খুপাই, যোংমু যোংসেং পুন্নমক্লা পামেল উবোইন্না যাওজরিবী লিক্লা উনকোযমুংদা মন্নু য়াতাবিবী ফৌরাও। ফৌগৌবাগী লাইশোলদি অসিনা লৈন্নুং যাবিরোক। চাথা খুরোনবি, লোইযামপিনা তম্বী ফৌও। মহুইরোইনাই, ম্না য়েনহোম খোমহালবা তমনাবিবী ফৌও। তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাথংবানা হোংনেং চাওনেংনা, লৈসা উমোলম্না হোংয়িকিদি হোংনা ওমতাবি। মৈতৈ লৈমা হাওদুখুনা য়েনয়োম খোমহানকা, সাচুও লালঙকা তমনরীবী ফৌও। মৈদিংঙু য়োইহৈতাল তাওথিংমাংনা হোংনেং চাওনেংনা লৈস্না উসোলম্না, হোংঙিকিদি হোংনা ওমতে, চাওইবিদি চাওনা ওকতপি ফৌও। অদুগা - নিংথেমগী য়েনযাম খোমহানবা, হোকনেং চাওনেংনা লৈসা উসোলম্না, হোংযিকিদি হোংনা ওমতে, চাওইবিদি চাওনা ওমতবী ফৌও। হাইনা সোল্লো। অদুগা নিংথেম্নগী লাইমিং সোল্লো। পুন্সি মুংসাং সোল্লো। লৈমাগী শামিং লালমিং

সোল্লো। পুন্সি নোংসাং সোল্লো হরাও তযাম অফা মুংঙাই সোল্লো ফৌকৌবাগী লাইমিংদি অসিনে॥

ফৌওইবী থুরুম্লবা পোৎচং :— চফু ১, ইরাল ১, লফোই লাফাং চং থোকপা লাফাং ১৫, ফিরাল ১, কা ১৫, মনা ১৫, হৈ মনম নাইবা ১, নৈশং কোনয়াই পু ২, ফি ১, নাহৈফু ১, শারেং ১, ঙাপাং ১, শংব্রৈ থরা, লাংথৈ, মপোপ ১৫, কবোক, চ, থুমপাক ২, যেন অমুবী মরুম ১, চেং, খোইজু লৈথাম, তাইরেল পুংফাই, লা থরা অসিনি।

---

## প্রেমিয়র পব্লিশর্স'গী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

ইবোম্বাগী

- ৱাংমদা (উপন্যাস)
- মশিংগী মরুমদা ,,
- খম্নোয় অনি ,,
- দশা (ৱারীমচা)
- অস !! মসিমা (উপন্যাস)

ৱাংখেমচা তোম্বগী.

- ভিমপাললোন
- লৌতারোল